িংঃাম্বা নিপ. ওইদুনা
[ দক্ষিণ নায়ক ওইদুনা ]
পুক্লিংগী তময়া অতুদা
অতোপ্পা লৈরাং থাবগী
গণীবপী খোনজেনগুম্
হন্নু হন্না নিংদুনা
লৈরাংগী ভূ- লতানা
িং শিনদুনা থমবরা ?
নহাকনা ভবা খোনজেন'সে
নুবাগী শমনাং তংথাংপী
চেংহি শব্বাল লাংবনা
পুক্লিং হুবা গন্ধবু
শংলা থুমনা চূরবী
নবীন গন্ধ'হুদগী
রাধা কৃষ্ণ অনিগী
কস্তুবী কোবা চন্দননা
ছাপা ওম্না য়েকলবা
নবীন অঙ্গ অনি!
রতি কোবা লিলাদা
হাইনা হুমনা খেংবনা
চন্দনগী লৈরিক কেনববু
মালয়া তুংশিং কোবনা
লিরি লিরি হুমংনা
কুঞ্জ লতা মরক্তা
েং তপ্পা পাইরকপা

পুণ্য গন্ধ অদুবু
বনগী খোইমূ নহাক্না
পুণ্য চেনবা ওইবনা
চন্দন গন্ধ যংবদা
শরুক হেল্লি মওংগুম।
গুণ গুণ হায়দুনা
( গুণা হেল্লে ) উংপগুম
ধন্যবাদ মতৌগুম
উনশাইননা ভবরা ?
হাদ খোইমূ য়াইফবা !
কবিগী মক্লি খোইমুমু
অথুপ্পা নামগী পারেংবু
মকা ধুপনা শোন্দুনা
ধ্যানগী কুঞ্জ মবক্তা
নংগী যোরোই ইনবা
করি ওইবা মতমদা
অমুক্তা ফংজরগবা !
পুক্লি অসি পুদুনা
চিন্তা আসন মথক্তা
মক্লি কংনা তমজবি।
যমুনা-নদী তোর্ব্বান্দা
ঙানথোইরবা কুঞ্জও !
লিগা উরি-মক্তনা
ইপু-পুনা য়েংপনা
য়ুমগী মতৌ মাল্লবা

লতা গৃহ মনুংদা
মরোনবু অহুম লান্দুনা
ফুগাইননা শাৎলবা
ধ্যান থম্বাল অত্তুগী
নি'থিজরবা লৈরিকপু
নূপূর কৌবা নহাক্কী
লৈরিক লৈচা খিবিক্লা
থম্বালগী লৈরিক ওইজৌকো;
হান নূপুর য়াইফরেন !
নহাক্কী মতা মান্নবা
পৃষ্ঠ ভাগকী লমদমদা
মণিগী মতুম মতুম্না
মরিক্কী মরিক থাম্ববু
থম্বালগী থমচেৎ মরুনা
মরিক মরিক থাম্বগুম
ওইরসন্ন নূপুর !
যশোদা নন্দন হরিগী
শংবান্নবা খুবোমনা
থম্বালগী মখোক ওইবিরে ;
ভক্ত বাঞ্ছা থুংলোকো
ধ্যান থম্বাল শাকাইরে
ভক্তগী পুক্লিং খোইমুনা
লৈহিবু চুপকে নিংডুনা
থম্বালগী লমদম য়েংডকপা
গুরুগী লম্বী মথক্তা

এক শরণ পাম্বৈনা
নিভৃত কৌবা নিকুঞ্জ
উক্ত কুঞ্জ মনুংদা
ফুগাইরবা থম্বালগী
লৈহিগী গন্ধ ফংলবা
পুক্লিংগী খোইমু য়াইফবা
নামবু শোনবা খোঙেন্না
দিবা নিশি ঙংবিরো ।
রসজ্ঞ ভক্ত পূম্নমক !
ধ্যানগী ফৈরা মথক্তা
পুক্লিংনা খোইমু ওইদুনা
তোংবিয়ুকো ভক্তাশং !
বাল গোপাল কৃষ্ণগী
বাল্য লীলা চরিতপু
বসন্ত ঋতু য়াইফবা
নহাক্লা পুক্লিং লুরবা
ব্রজগী লমদম অসিদা
শান্নরকলে উলূখল ;
ভক্তশিংগী পুক্লিংদা
চিংনবিনু নিংশিংজৈ
ব্রজগী কাহ্নাই শকহেনবা
নানা লীলা যোংলবা
নন্দ নন্দন কৃষ্ণ'সে
গোপ রাজ নন্দগী
শঙ্গাই কোন্নুং'নুংদদি

অঙাংগী মশক উৎলিদো,
কৃষ্ণ গৃহ'ন্থংদদি
পাখংগী মশক উৎপিয়ে ;
নানা রূপকী মশক'সে
ভক্তশিংগী পক্লিংনা
থোইনা হেন্না খঙ্বিনি ।
পুণ্যনা ফিবম ওইববা
নোংমগী কোবো অমদা
মবম্না লমলেন মদাই'বেম
নন্দ রাজগী কেন্থ'দা
মনাই থুপী খিবিকপু
মতিক মতিক চান্নবা
ঙম্না থোগাই পীৎনা
যশোদা রাণী কোবীনা
শন্নাম মাঠা চিংলকলে ।
ভক্ত জীবন হরিগী
বিশ্বরূপনা চিংওবা
বাল্য চরিত খিবিকপু
মধাস্থনা মাঙচিংবা
আখোইবা পুরাণ খিবিক্তা
নানা কবি খিবিক্না
গদ্য পদ্য মশকনা
লুচিংতুনা লেংলবা
নামগী পারেং খিবিকপু
যশোদা কোবী বাণীনা

মাঠা চিংবা মতমদা
চুম্নদবু হায়বগা
কোকিল ওম্বী খোঙ্জেন্না
মতমগী তাম্থা চানবা
পুক্লিংদা লাকপা ইশৈবু
নিঙশিঙ নিঙশিঙ শকন্নকলে ।
হাদ বাণী ইবেম্মা !
কয়াদা নতিক নিংথিবা
করিদা প্রমান তৌসিংগে--
পাংগামতাবু হায়বগা
পাতালগী লৈরোম যবদা
মনি বু তম্না হোৎরবী
অপাম্বা খন্না থিববা
মণিগী থম্বৌ ওন্বীনে ;
পিশুম তাবু হায়বস্থ
ময়োনবু অহুম শুম্মংপা
কামগী লিকুঙ মণ্ডলে ;
মিম্না মিংফম মতৌস্থ
শবদপু কোবা থাঙদা
থম্বাল কৌবী লৈরা না
পোমশাংননা শাংলকপা
মহাক্কী লৈকা ওমবীনে
শরদকী থম্বাল লৈরাংদো
ঋতুদি মপুঙ ফাবাংতা
শাংকাইরগে থোরাংবা

## উলূখল লীলা

ভাড়ানবী কুচুনি—
লৈকা লৈকা খুদিংদা
ইশিংগী মরিক পকপগুম
যশোদা কৌবী রাণীগী
মিস্না থম্বাল লৈকাদা
ভুমাংগী মরিক পকলক্লে
মিং নহা তম্বী
করিগা পান্দম মসিগে—
খোইমু মচা তনৌবা
নিনবু চরা হেল্লবা
থম্বালগী লৈহি চুপ্পদা
দিনমণি ( নুমিৎনা )
তাখিবনা হান্দুনা
থমবালনা লৈকা উমশিনগ
খোরাংবহু উহুনা
থমবালগী লৈকা'ন্নংহুদা
কোয়চেন কোয়চেন চেম্বগা
পান্দমনিংভাই ওইরেদো ;
মরম অমা হায়রগা—
নন্দরাণী কৌবিদো
মাচা কন্না চিংহুনা
বালগোপাল কৃষ্ণবু
" মখেং রাওবা ইচানি
ব্রজগী যুম্বুন খুদিংদা
অঙাংগী মতম ওইবনা
চঙলে চঙলে হায়রগা
মাখন, বেড়া হুহুনা
মনিং তৌনা চারম্মি
মহাক্না চাবা নত্তনা
সথাশিংসু পিজয়ে
মফম কৈদা থম্মগা
যশোদা নঙগী নচানা
খঙদোদগে খঙদরে
বাবন অসি হায়হুনা
ব্রজগী গোপী ময়ামনা
কয়াগী মতিক পাঙহান্মে "
বারম অসি খনবনা
পুক্লিং থুপনা পোক্নুনা
যশোদা নন্দন কৃষ্ণবু
কদামদা খোকখি য়েংবদা
কোইচেন চেম্না চংলবা
মিং নহা তম্বী
থম্বাল লৈকা'ন্নংহুদা
খোইমুনা কোইচেন চেম্বগুম
ওমজরবী মিংয়েংনে ;
ফৈবোম তাবু হায়রগা
সনাগী লফু বন'সুদা
মনিং তম্না হৌব্বী
লফু লেম্প্রা ওম্বীনে ;
অমুত কিভম হায়রগা

সনাগী তেঙ্গোৎ মতৌনে;
কাহ্নাইগী প্রেমনা থ্‌মহুনা
অমৃত ইরাঃ হৌরবা
সনাগী তেঙ্গোৎ অহুবু
সামান্য কটোর মন্নুংদা
লাইজনা চাংজৌ থল্লগা
তনিক তনিক নিকপগা
চাংদমলবী হকচাংনা
শঙ্গোমগী মাঠা দড়ীবু
হাইনা হুম্না চিংবনা
নিকনা ইথক হৌবীনে;
কুণ্ডল নাইল অনিনা
ইশিংগী কোঙ্গোল মরক্তা
খাবীগী মঙাল উরগা
হরাও মথোই কাহুনা
লেঁয়ে ঙানা হুম্বগুম
মাইথোং থাগী চাইরুংদা
হুমাংগী মরিক মথক্তা
পুক্কিং হুনা হাইরকলে;
ভূজ লতা অনিগী
হুইথরকপী তময়াদা
সনাগী খুজী অনিনা
মখাদা হারোল ফোঙলিবা
শঙ্গোমগী পাবু তাংথম্মি
মন্থন পাত্র মনুংদা

হরাওনা লৈরবা
হাদ শঙ্গোম য়াইফরেন!
মন্থন দণ্ড মচিন্না
নহাকপু নৈরে হায়রগা
নংনা হায়বা মারোনবু
" ফরে ফরে, য়াম্না ফরে
পুণ্য, পুণ্য ফংলেনা
শ্রীগোবিন্দ ইবুঙ্গো!
শঙ্গোম পাম্বা গোপালনে
যশোদানা শেম্মগা
করি ওইবা মতমদা
মুখ থম্বাল অহুদা
ননাইগী ননাই ফংদ্রবা
শঙ্গোম দহি ননাইনা
অমুক্তা যৌগল ফংববু
পিবীয়ুকো মুকুন্দ "
হায়ে হন্থুম তাগুম্না
যশোদাগী খুজীনা
পূণ্য চেম্বা শঙ্গোমদা
থাগৎপগী খোনজেনগুম
" খন খন, কর কর
( শঙ্গোম দধি মতুম্থু
মচেং মচেং লৌহুনা
হস্ত খম্বাল অনিনা
হারসম্মু ক্ষীরংঃ ,,

ননিং থুণ্ডনা বং;জোকো
বারোল অসি হায়গুম্না
যশোদা কৌবী রাণীগী
তনৌরবী খুদাংদা
খুজীগী খোনফম অশুম্না
ধন্যবাদ তৌগুম্মে ;
মুকীরংদি তমিবী
শেম্বীলংদি তরংবী
রেশমী শাড়ী অপাবী
পুক্লিং চানা থোল্লবী ;
চুম্নদবু হায়বদা
কাণ্ডা ঙমবী শাজৎনি :
মালেম পৃথী লৈমাইদা
মখোংবু যোংনা চংলবী
তেনগা কৌবী চেক্রানা
নোয়না নোয়না থেকপগা
পান্দমনিংঙাই শাথেকনে ;
নাগ রাজ অনন্ত
অনন্ত কৌবা লিনজুগী
কৈদী শাথেক মাল্লবী
পুক্লিং হুবী শম্বুলবু
শঙ্গোম মাঠা চিংবনা
হিকথহুনা তারবী ;
শমজীদা থেংপী লৈশিংসু
হিকথহুনা কেল্লবী

শমগী শমদোল য়েংলগা—
লিলহা মরৈ তমগুম্বী ;
মহৌশানা তামলবী
তাম্না ঙম্বী খোনজেল্লে ;
মাইথোং থম্বাল য়েংলগা—
কস্তূরী চন্দন লৈরীকনা
লাইপক ময়াই তমহুনা
পুক্লিং চানা কাপ্লবী
সিন্দুবস্থু লৈতেংবী
উক্ত লৈতেং অসিবু
মাঠা দোড়ী চিংবদা
হুমাংগী মরী খিবিকনা
মায়থোংগী নাপোম থুমহুনা
চেম্বরকপা ইচেম্না
চাইথহুনা পক্পনা
যশোদাগী শকতমদো—
শরম থাগী মাইথোংদা
মাইহিংনা লৈতেং তৌগুম্মে
মতৌ অস্থুম ওইরবা
মাঠাগী মতম অসিদা
ভক্তশিংগী অৱাবা
মাংহল্লবা হরিনা
অমৃত থককে নিঙবনা
অরাম্বা ফিবম উহুনা
মন্থন্ দণ্ড পায়রিবী

যশোদা কৌবী মমাগী
মনাক তম্না চেল্লকপা
হাদ থম্বাল অথুপ্পা
যোগী ঋষি কয়ানা
চহি কল্প কয়াবু
ধ্যানগী অাসন মৎক্তা
এক শবণ পুক্লি না
দিবা নিশি নিঙজবা
ধ্যানগা থম্বাল অনিনা
ব্রজ ভূমি মথক্তা
নূপুব কৌবা নহাক্কী
পুক্লিং থুবপা খোনজেন্না
কাঙডা নি থৌ অথোবা
নহাক্কী খোনজেল ওইদুনা
ব্রজনাবী খিবিক্কী
পুক্লিংনদি কবি ওই—
কাঙজা অামোম ওইবনা
ঙাওহল্লবা খোনজেন্নে।
নূপুব মাগী খোনজেনগা
লোয়নারেবু হায়রগা
তবি তবি কাইদ কাইদ
লেঙডক্তুনা চঙলগা
যশোদানা পায়রিবা
মন্থন দণ্ড অহুবু
হস্ত থম্বাল অনিনা

তাপ পু কাবে হায়বগা
অঙা গী মতম ওইবনা
তনৌ তনৌ লাওববা
মাইথো থাবু উত্তুনা
মা চিবা খানখবে।
খাম্বা মতম অসিদা,
মোমোন নোকপা মাইথো দে
নিংনা চিনা য়েংলবী
যশোদা কৌবা মমানা
নন্দবাক্তা পমদুনা
বালগোপাল কৃষ্ণবু
অমৃত মায়োক-নহল্লে।
অসুম্না ওইবা তানসিদ
লৈবংদা লোনবা শঙ্গো..
পাথদুনা তানা
মৈবু মৃৎপা খোড়েনদো
যশোদানা তাদুনা
নঙথবকপা অমৃত
নিঙথিনবু য়্মারিবা
গোপী রমণ কৃষ্ণবু
য়াম্না ফিংবা পুক্লি না
মালেম-থক্তা থম্মগা
খোঙনা থুবা খোংথাংনা,
পাথরবা শঙ্গোম্বু
থাংথনবগী দমক

লের্ঙশিনথবে বাণীনা।
অসিগী মতুং থোকপদা,
শ্যাম কাহ্নাই ইরাঙুঙ্।
অমৃত থকপা মতমদা,
মনিঙ থুঙহৌ-দবনা
মমুন-ফবা তয়ানন্দা
অকনবা মু শিং মপৈনা
যৈবাবব হারবগা।
মখোক বেনাগ মঙঙগুম
নিক্ল নিক্ল লৈগুন্না
অছাওবা পুক্লি ঙুডদম্মী
হোনদা ককপা স্বরন।
কন্ন কন্ন যৈতুনা
তকিঙ তফিঙ লবা
তযান ঙম্বা চনবান্নে।
অঙকপগী মিংয়েনা
খম্প্রা চাক কৌবী চেক্লানা
মচিঞ্জাক খুনাগ নিঙহুনা
চাকতাবকপা তানকমদা,
কংজববা মচিঞ্জাক
নুংশিংনা তনহুম-হংখুংা
তানহুদা যেবা মিংয়েঙগুম
যশোদা কৌবী মমাগী
অফিঙবা পুক্লি নুংশিংনা
হুমহুনবু পুখ্রবা

অমৃত মাইকৈ য়েংবনা
খম্প্রাংচাক ঙম্বা মিংয়েনে।
অঙৌবা হিরা ঙমজবা
য়াগী পাবেং খিবিক্লা
অকনবা হিবা অনিবু
যে নাবদি হায়রবগা
মখেন তন্না থোকপগুম
অমৃত মহাও লৈহাবা
মাও তন্না শাইবদা
হিবাগী খোনজেল ঙমলবা
য়াগা পাবে খিবিক্ল।
মন্থন পাত্র অত্থবু
চিক্লকপগী মতমদা
মচেংকী মচেং তাহন্না
থুগাইবম্মে হায়রগা
খঙহৈববু লৈতনা
ংম্বাল ঙম্বা মিত্তগী
অঙাংগী স্বভাব ওইবনি
অবেম্বা পিবু তাহুনা
শঙ্গাম্ব কোন্নুং অতুগী
অতোপ্প কাখল তামদা
লোন্ন-থুপনা চঙলগা
কন্নাসু লৈতে উহনা
সেমবা কয়া কুইদ্রিবা
অনৌবা মাখন অত্থবু

শ্রীহস্ত অনিনা
লৌরে লৌরে হায়রগা
কোইয়েং য়েংবা মিৎফম্না
মাইকৈ'পুম্বা য়েংহনা
হারকলেনে কান'হুদা।
যশোদা রাণী কৌবীনা
মুল্লবা শঙ্গোম অহুবু
থাংথরমলে হায়রগা
মাঠা চিংফম কা'গদা
অমুক হন্না চংলগে
পুকানিং অসি পুদুনা
লেঙশিল্লকলে হায়রগা
মন্থন পাত্র য়েংগুকই—
"করি মতৌ কৌবনো
তৌবিবা-মতৌ অসিদি
ইতোই-তোইনা কাইরেনা
মাঠা চিংবা শঙ্গোমসু
ইতাও-তাওনা হৈদোকলে"।
হাদ রাণী ইবেম্মা!
মহৌশানা তপ্লবী
উনবু ভষ্পী পুকনিংনে।
বালগোপাল কৃষ্ণসু
কোইয়েং কোইয়েং য়েংগুকই
শঙ্গোম মাঙ্বা মফমদা,
লৈতববু উন্নবী

মন্থন পাত্র কায়বসু
"কাহ্নাইনা তৌবা মতৌনি"।
নঙথরকপা অমৃত
য়ারিভৈগী মতমদা,
মহাকপু থম্মি শাওহনা
ওইনহনা লোৎখ্রবাই;
হাদ কাহ্নাই! নগাকপু
মফম কৈদা লৈরিবা!
ঘ্বারম অশুম নিঙদুনা
পুকনি' হুবা মিনোকনা
মোমোন-মোমোন নোকলকই।
অসুম্না ওইবা তান'সিদা,
বাল গোপাল ইবুঙ্গো
যশোদা-জীবন কাহ্নাই'দো
শঙ্গোম মাখোন হারগা
মথক-মখা ওল্লবা
লেপ-শুমবল অমগী
মথক্তবু লেপ্তুনা
শিকাদবু থম্মিবা
অনৌবা মাখন অহবু
লাম্মংনা লৌরগা
বৃন্দাবনগী উমংদা
বাস তৌবা য়োংস্নাম্বু
থম্বাল ভম্বা হৎনা
হৎতনবু কৌদুনা

মখোইগী মরম-গীদমক মহাকপুদা মশোনবি,
লাম্মিবগুম উত্তুনা লম্বুহেলে ইবুঙেঙা ;
মাগী = মাগী শরুকপূ নংগী মুর্ত্তি অসিবু
বাল গোপাল কৃষ্ণনা মথেক অহুম শুগুম্মি ;
হুনদনবু পিরকলে। নবনী কোবা শঙ্গানগা
" নখোইনা পাম্বা হায়রুনে চাংদমহুনা য়েংবসু .
বান্দর সভা পুম্নমক !" ননা হেন্না খোংনিনে ;
হায়বিবগুম উত্তুনা নংগী কুচু অসিনা
মনিঙ থুংনা পিজরে। ইহৌবকপা নোংদগী
" ইমা রাণী উরগা থোইদোক-হেন্দোক লগুম্মি ;
য়ৈববনি „ নিঙবনা থাহোং মতু অমতং
অকিবা মতৌ পোক্তুনা নাকোক-থক্ত হায়শু
লোন্ন পিবা মশক্না নৌমনখিবা ঙকশন্না
তথক্লবা মিংফমনে। পুবা ঙমদ্রে মতৌগুম
ইবুঙেঙাগী মতৌসে লুকথহনব্রা চুরাবু ;
যশোদা কৌবী মমানা অমবোমদা হায়রগা
থিবকপদা উররে। থম্বাল মানবা নখোঙদো
কাহ্লাইনদি উদবা নংসু ফজ্রে খঙহুনা
মতৌ অহু উহুনা য়েংহল্লগে নিংবনা
যশোদানা নিঙঙকই লুকথহনবা চুরাবা ?
" হাদ গোপাল শকহেম্বা ! মনি পবেং শিবিবা
ঐনা লুনা তৌবনে, নশানদি নৌরনা
মপানা লুনা তৌবনে, মণিনা থেংবা মতমদা
অসিদগী হেন্নহুনা মফম লৈবোই লিঙঙিদা ;
ব্রজগী খুঙ্গং অপুম্বা হাদ গোপাল শকহেনবা !

শঙ্গোম্বু পাম্ব ইচানে ;
করম্নবু তৌহুনা
তনোয় তনোয় লাওরবা
লনী হেন্ন খোৎলবা
অনোবা শাহৌ অসিদা
ঐনা করম ফুদগে !!"
খর কিনা থংনবা
তাংপু তৌগে নিঙহুনা
যশোদা কৌবী মমানা
লোম্না চংলে হায়রগা
কাহ্নাইগীদি মতুংদা
চপ্পু লেপ্লে ইবেম্মা ।
অকিবা খুদম উৎনবা
চৈশু মচা পায়রবী
যশোদাবু উহুনা
বাল গোপাল কৃষ্ণনা
য়াম্না থুবা শাহুন্না
শুম্বল মথক'তুদগী
ফিনা চোংথ-রক্কুনা
অকিবা মশক উক্কুনা
চংগ থম্বাল অনিনা
বৃন্দাবনগী ভূমিদা
নূপুর খোনজেন অহুনা
চেনবা মায়কৈ তাক্কুনা
তবি=তবি চেন্নকলে ।

ভক্ত পুন্নমক !
পুক্লিং অনি লোংদনা
তপ্পু তৌবা যোগিনা
অমুক্তা ফংগে নিঙহুনা
হন্না হন্না চঙবদা
ধ্যান থম্বাল অনিবু
ওখাক্কা ফংবা ঙমদেদা ।
যশোদা কৌবী য়াইফবী
করি তপ্পু তৌখ্রবা !
যশোদা নন্দন হরিবু
শুম্বলদা পুনগে নিঙহুনা
মতুং ইন্না তান্নরে ।
কয়াদা মতিক ঙকলবা
ওন্থোক্না থুপ্প লীলানে !
মতুং ইন্না তান্নবী
যশোদাগী শাজৎতো—
য়াম্না চেংবী খবাংনা ওই
মাঙোন্দগী তাথবা
হকচাংগী লমদম অহুবু
খোইনা থবী ওইহুনা
মাগী ভার মক্কুনা
গজ গতি ঙম্বীনে ।
চেন্না = চেন্না তানবনা
হিকথরবী শম্বুন্নে ।
শমজীথেং কৌবী লৈবা'ম্বু

হিকথত্তনা কেল্লেদো।
লাইবক চাওবী মমানা
য়াম্না ঋানা ফগুহনা
হন্না=হন্না য়েংঙম্বা
তবি তবি চেল্লমবা
ভক্ত রমণ কৃষ্ণগী
তনৌরবা খুদাংবু
কোম-গোম্নমা পায়ত্না
ফাবা ফংলে কান'সিদা।
মাঠা চক্ষু কায়হনবা
য়োংদা শঙ্গোম পিজবা
হান্নগী মরাল অসিবু
নিংশিংলবা কাহ্নাইনা
অঙাংগী স্বভাব ওইনবু
খঙহৌদনা কপ্লকলে;
মিস্না থম্বাল অনিমক
নিজ হস্ত অনিনা
নোইনা=নোইনা লৈরবা
অকিব মিংয়েং পোকপনা
হঙ্গত্তুনা য়েংখৎপা
যশোদা নন্দন কৃষ্ণ'দো
নন্দরাণী মমানা
খুদাংবু চেৎনা ফাহুনা
খরচৈবা-শোনবনা
কিহনবগ্ন পীহুনা

খুত্তা পায়রবা চৈশু'দো।
থাঙ্গৎলকলে হায়রগা
য়েরুগেদি তৌশিন্নে।
চৈশুনা লাকপা মাইকৈথ
ইথক-থক্না য়েংলবা
কাহ্নাইগী মতৌ তংহুবু
মচা চান্বী মমানা
য়াদি তম্না উহনা
পায়রিবা চৈশু থাংদোকলে।
মহাক্কী মগুণ খঙদবী
সামান্য বালক মতৌ গুম
নিংহল্লবী মমানা—
"ঐগী ইচা কাহ্নাই'সে
খরা কিবা খঙহনগে,
ব্রজগোপী ময়ামগী
পাওহোম্বা ঋাহৈ মরুম্বু
তাব-হৈবা ঙমদরে,
থৌরীন পুনগে ঙসিদি।"
ঋাখল অস্থম নিঙহনা
যশোদা কৌবী মমানা
হায়রকলেনে কাহ্নাইদা—
হাদ কৃষ্ণ ইংঙেতা!
কবিগী ওইবা লৈয়েংনা
করম্নবু হায়সিগে;—
"পারি কাহ্নাই নহাকপু

ইমানা হায়রবা ইনগত্রা ?
ব্রজগীদি উমংদা
বাস তৌবা যোংশিঙদো
নংনা নখুং হৎলগা
মরি মবি লাকইনে
ইমাগী কাহ্নাই মহাক্কী
অঙাংগী মশক অসিবু
করিস্থু জ্ঞানধু লৈত্রবা
উমংদা মযুম ওইববা
ককুই ঈবাং থক্লবা
বৃন্দাবনগী যোংশিঙস্থু
হুংশি মাল্লে ইবুঙেও ,
নৌনা ঈহৌ-বত্রবা
নোংগী কুচু ওমজবা
মহোশানা মেংলবা
লগীবু হেন্ন থোংলবা
ইচাগী মশক অসিবু
সনাগী থেবী মপৈনা
অশ বা থরো মপৈবু
কন্ন-চেৎনা পুনবগুম
ইমানা থৌরী থিরগা
শ্যাম অঙ্গ অসিদা
য়াম্ন কন্ন পুমত্তনা
নংনা তোংবা শুম্বন্দা
পুনদুনত্থম থমগনি।

মনাই ভক্ত খিবিক্কী
প্রেমগী থৌরী মক্তনা
পুল-হল্লবা মন্নুমা
মনাইগী মখা পোনগুম্বা
ভক্ত বৎসল কৃষ্ণদো
অশংবা মণি মতুম্বু
সনাগী উরী থাংলগা
চিংলকপগী মতৌগুম
মমাগী ভূজ লতানা
যাদি তম্ন পায়ত্নুনা
চিংওক্তুনা পুরকলে।
শুম্বলদা পুনগে হাযবগী
পালেম রাণী মমানা
থেবী কোযনা থিবকলে
হাদ কাহ্নাই শকহেন্বা !
তব লীলা অসিবু
কনানা খঙবা ওমগবা
ইবুঙোগী মবীদা
মন্নুং মপাল লৈতেনা ,
মমাং মতুং লৈতেদো ;
মবোল অহুম-মকসিবু
নহাক্কী মশক ওাক্তনে।
জগৎকী পুন্সি ওইববা
মহাক্কী মগুণ থুপলবা
মানব জন্ম পুরবা

অথুপ্পা মশক অসিবু পুল্লগেকো শকহেল্লা!
ইন্দ্রিয়গী জ্ঞান'হুনা অস্থুম্নবু চৈহুনা
খঙবা ঙম্ব ওইদ্রবা যশোদা কৌবী মম্বানা
যশোদা নন্দন কাহ্নাই'সে শুম্বল মনাক তান্নবু
অচম্ব অঙাং মতৌগুম চিংশিল্লকলে হায়রগা
পলেম রাণী মম্মনা কাহ্নাইগবু পান্নবা
থৌরী খুত্তা পায়হুনা পুল্লকলবা কান'হুদা
শুম্বল-গহুম পান্নবা পুল্লকলিবা থৌবীদো
পুল্লগেবু তৌবকলে। খুদোল অনি ব্রাংখরে।
" অস্থুক পিকপা নহাকী যশোদানা হায়রকই—
ইনৌ নৌবা নয়ানা " কবিনো মতৌ অসিদে
হেক্তা চিকপা মক্তদা মাস্থুক শাংবা থৌরীনা
মাঠা চফু কাইহল্লি ; খুদোল অনি ব্রাংলেনা
মী খুদি ওইনমক ঐগী ইচা কাহ্নাইগী
ব্রজগী কাহ্নাই থৌবী নস্থু মীচংলা ?
যশোদা নন্দন হাবনবা ঐদা নুংশিবা নত্তনা
অস্থুম্ব ব্রাহৈ অসিবু কারস্থু খঙবা লৈত্রবা
ইনানা তাবা ফংলেনে, থৌরা নংস্থু নুংশিবোই
নুংশিহুনা হায়বনিস্থু খদেদো ভক্ত বৎসল ইবুংঙো!
ভাওমনহুনা হাযবনিস্থু খদেদো কবম্নবু হায়সিগে—
পান্না কাহ্নাই শকহেন্না। ননাইগী মখাপোনবীবা
লাক্লবা ঙমদ্রে নহাক'সে লনাবু হেন্ন থোংলবা
তনৌ-তনৌ লাওববা শ্যাম বপু অহুদা
ইচাগী মখন্নাং অসিদা থোবীনা পুনবা তারবোই
ওন্থোক্ল কনবা থৌরীনা হাদ বাণী ইবেম্মা

পুল্লিবা থৌরী অতুনা ব্রজগোপী খিবিক্কী
অমুক হন্ন য়েংঙকই শকফম অত্থু উবগা
হান্নগী অত্থু মঙাইরে ইকাই-খুংশি য়ানহুনা
খুদোল অনি মন্নাংলে ; মোমোন নোক্ক নোক্কুনা
অমুকস্থু হন্ন পুনবদা অঙকপা পুক্নিং পোক্কুনা
খবা কন্ন লাকশিল্লে শঙ্গায় কোন্নং'ঙ্গুংহুদা
থ্‌বা ঙমদে থৌরী'দো লৈরিবা থৌরী মথৈবু
খুদোল অনি মন্নাংলি ; লোইনা শম্মে হায়রগা
অস্থুন্না ওইবা অসিদা পুল্লকলেনে গোপালবু
যশোদানা য়েংলকই মাহুস্থ মাহুম মন্নাংখবে।
"তনো-তনো লাওবা। বাল গোপাল কৃষ্ণন।
ইচাগী মশা অসিব মমাগী রাবা মতৌ'সে
থৌব। মথম লৈবরা," সনাগী লৈবা মথক্তা
অস্থুন্নবু হায়হুনা। লিকলা মপৈ পকপগুম
হন্ন—হন্ন পুল্লকলে থোইনা খোংপী হকচাংদ
হন—হন্ন ন্নাংখবে। ভুমাং মপৈ পকলবী
যশোদাগা কাহ্নাইগা পুন্নিবা শম্বুল থোকলবা
লাক্কবিবা মতৌ'সে লৈবাংগী মপ্প কেল্লবা
ব্রজ নারী খিবিক্কা পালেম বাণী মমানা
য়েংবা মতম অত্থুদা য়ান্ন রাবা উবনা
কুমৈগী মশক ওইদন থৌজাল্লগে নিঙহুনা
মোমোন-মোমোন নোক্কগা যশোদানা ঙক্লিংঙ
মিত্ত পিন্ত তাহুনা রাথল লাব ফংদ্রিংঙ
মহৈ=মহৈ লৈনৈগে মতম স্নাগে মক্তদা
যশোদা কৌবী মমাস্থ মতো-মক্ত। পুন্দুনা।

লৈখয়েনে কাঙ্গাইনা। বাস তৌবী পদ্মানা
ভক্ত মপৈ পুন্নমক ! ফংঙমদ্রবা প্রেমনিনে।
বিধাতান চিংলবা অমুক করি হায়রুনি—
মায়কৈ ঙাকপা লাইয়ামগা প্রেমগী মখা পোনবীবা
লোইনরবা জগৎসে যশোদা নন্দন হরিসে
মহাক্কী মখা পোনবনে। আত্মা জ্ঞান্না তিল্লবা
ভক্তগী রাবা মাংহনবা ভক্তসিংগী মপৈনা
যশোদা নন্দন হরিনা প্রেম সেবা ফংজৈয়ে ;
" ইনাইগী প্রেমগী মবিদা দেহগী নাপন পুরিবা
ঐনা মখা পোনবসে জ্ঞানিশিংগী মপৈদি
উরসমু " উৎপগুম প্রেমগী সেবা থাপনৈয়ে।
পুনসিনজরে শুম্বলদা। হো-হো বিহা মুকুন্দ
মুক্তি পাম্মে পিবিবা হোরি-হে নন্দলাল ;
মুক্তি পামদ্রে পিবিবা যশোদা বাণী ইবেম্মা
গোপী রমণ ইবুঙঙা হংবকপনা থুনখরে
মাঙোন্দগী পোক্লবা অতুক য়াম্ন হোৎনবা
প্রেমগী থোজাল অসিবু থোবিনা ইথুং-থুংদবা
করি তপ্পু তৌগ্রবা ! হঙহোদনা পুল্লম্ব
যশোদা কৌবী মমানা অঙকপা পুক্লিং পুন্থনা
চংখোন্নত্রম ফংজৈয়ে। কৃষ্ণ পুল্লে হায়রগা
যশোদানা ফংলিবা শঙ্গোম শেম্ব লেংশিনখ্রে
প্রেমগী থোজাল অসিদি যশোদা নন্দন হরিদি
ব্রহ্মানসু ফংঙমদে ; নারদগী শাপতগী
রুদ্রনসু ফংঙমদে ; নল কুবর-মণীগ্রীব অনিনা
শ্যাম অঙ্গ মক্তদা যমলার্জ্জুন হায়নবু

উগী মশক ওইদুনা মহোশানী প্রেমমনী
বৃন্দাবন্দ হৌখ্রবা অমুক হেনবা ওইদুনা
কুবেরগী মচা'দো যশোদা কৌবী মমানা
শাপ মুক্তি পিরগে থাদা চেৎনা কোন্দুনা
সনা পুক্লিং অদুদা অমৃত ধারা হৈথরে।
মাসুম্নবু খলদুনা থাবু ওম্বা মাইথোং'দো
উগী মক্ষম য়োনবা হন্ন হন্ন চুপ্পকলে।
শুম্বল অদু চিংওকলে। লনীবু ওম্বা অঙ্গবু
উগী কাবক তম্নবু শিৎনা-শিৎনা মানজেযে
লেংশিনবিবে হায়বগা খোইমু ওম্ব শমডোযনে
উগী ফাইবোক মউদা নাম্থ-নাম্থ শেম্বিদো।
শুম্বল তলপল পন্দুনা বাল গোপাল কৃষ্ণগী
ঃবা ফংনা ফুকখবে। উলুখনগী লীলানা
যমলার্জ্জুন অনিনা অমৃত বৃষ্টি ওইরগা
মুক্তি পদ ফংদুনা ভক্তশিংগী পুক্লিংনা
মান্নগী মশক লেপ্পুনা প্রেমগী দৈবং ওইদুনা
স্তুতি তন্ন কৎচবা মযোন চোংবা ওইসনু
ঃযুন ঃমদম পাংখিবা হাদ কৃষ্ণ ইবুঙো
ঃখাগী লীলা শাংখবে যশোদা নন্দন শকহেন
ঃশরাইদ'শুম তেল্লগে ননাইনা ঙাংবা লোম্বন
যশোদা নন্দন কাহ্নাইগী তব লীলা শকচবা
থোরীনা থোগল তৌবস্থ অবান-অহুই অপুম্বা
মুক্ত ওইখ্রে থোরী'দো ঙাকপিযুকো প্রাণনাথ.

লোইরে।।

# শৈদম শৈরেং ।

By

শ্রীহিজম ইরাবতসিংহ ।

*Second Edition.*

**Printed at the State Press.**

&

Published at the State Library,

Imphal.

1946.